লাইরিক্কী মিং : লৈশাং-হিদেল

অইবা : শ্রীও, জয় সিংহ

অফোঙবা : ডাঃ কমল মেমোরিয়েল এসোসিয়েসন,
লংথবাল কুঞ্জ, ইম্ফাল।

ফোঙবা চহি : আগষ্ট, ১৯৮৬ ইং

লাইরিক মশিং : লিশিং অনি

নম্ফম : তোকচা প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফাল।

# কচ্ছবা

মুংলমগদোৱবা কাংলুপ'সিবু,
নৌনা অমুক কনবীরম্বা;
শিক্লৱবা জাতী'সিবু,
নৌনা থৱাই হাপ্পিরম্বা.
চিংলেন নোংত্রেনখোম্বা,
ইনিংথোদা কংচরি;
ঐঙী "লৈশাং-হিদেল"।

ও, জয় সিংহ

লৈশাং-হিদেলগী চাওরাকপা শক্তম অমা।



# ৱাহৈ-খরদং

য়াম্না অৎঠাং ওইরিবৈদা নোংমা ইমা পোকপা ইবোঙ্কা লোইননা লাংথবাল কুঞ্জদা কৈবা ইমাগী মনাওনুপী ইন্দোমচাগীদা চৎলম্মী। মতমঙৈদি নৈশাং ফিদেল থাঙ্গপাং অসি চৈশিং ফজনা নৈবা খরো খম্নাল নিংথিনা হৌরবা মফম অমা ওইরম্মী। ইয়াইদা নিংথিনা শাংপা খম্নাল অমদি থমচেৎশিং অহু কল্লক্লনা এনা নৈতুম অমদি পুংহুম ছন্দুনা কেন্দ্রহন্নবা হোংনরমই। ইবোঙ্কা "নৈতুম ছম্বগন্নু তৌইহনদে, নৈতুম ছম্বগন্নু তৌইহনদে" হায়না মংগৌমক ওইনা শাওহনা এগী খুদাং চিংহনা পুরমই। লম্মী চৎনা চৎনা ইবোকনা নৈশাং ফিদেলগী মরমদা এঙ্ঙোন্দা ৱারী লৌবিখি।

ইবোঙ্কী ৱারীহুদগী থাঙ্গপাং অসিগী মরমদা খজিকখক্তং খংজহৌবনি, লোইননা নুফিংতুদগী এনা ইচম চম্না থাঙ্গপাং অসি শেংলবা মফমনি হায়না লৌজে অমদি থাঙ্গপাং অসিবু থরাই-ফকচাং য়াওনা নুংশিজে।

১৯৭৪ গী এনা ইহান হাম্না ইলেক্সন লেপ্পা মতমহুদা লাংথবাল কুঞ্জ ময়াই নৈকাইদা মী থরগী ওইবা মীকম অমদা এনা ৱা ঙাংবদা থাঙ্গপাং অসিগী মরমদা য়াম্না তেনবা মওংনা ৱারী লিরম্মী, লোইননা মফম অসিবু ফজনা খমনিংবগী ৱা খনহু এনা ফোংদোকখি। ইলেক্সন্দা মায়পাক্লবগী মতুংদা অনৌবা মেম্বর ওইবহুগা অতুগা এনা কয়া পাংজদবগা অসিনা মরম ওইহনা ৱাফম অসিদা করম্না এনা সরকারগী মিংয়েং চিংশিনগনি অমদি এনা এসেমব্লিদা ৱাফম অসি করম্না য়োহনবা য়াগদগে হায়বহুগী মপুং

ফাবা রাখলদু ঐ্রেচোন্দা লৈরম্মদে। অহুনা চিন-হাবদা থবক অসি পাম্বখংনবা তক্করম্মী। মসৈ থংদা এসেমব্লিগী অমদি সাসনগি চংনরোল অমদি নিয়ম খরা খরা খংলকপগা লাইনমা ঐনা রাকম অসি মনিপুর এসেমব্লি য়োনবা হোংবখি।

মণিপুর এসেমব্লিদা নৈনপ্রবগী মতুংদা ঐনা রাকম অসি থিজিনজরুগা খংজরকপা খরদং হিরম অসিদা পাবিরিবশিংনা রাখল খনবদা মুংচাইনবা হাপচিল্লরি।

গম্ভীর সিংহ মহারাজগী স্না হাক্তক্তা ( খৃঃ ১৮২৫-১৮৩৪ ) মহারাজগী হকচাংগী তিম্থুং-লাইথুং পুম্নমক অরাং পাংনা চেনবা ঈচেলদা লুপ্লগা কোকনি হায়না অখং-অহৈশিংনা হায়বগী মতুং-ইন্না লৈবাক মীয়াম হৌনা নিংথৌ মশামক য়াওনা অমদি লানফা ময়াম থবক শুহন্দুনা লৈশাং হিদেল তৌখিবনি হায়বসি মীয়াম্না হায়রৈ। ইম্ফাল তুরেলগা লিলোংদা শন্দুহল্লগা ঈচেল অসি অরাং পাংনা চেলহন্দুনা মতুদা গম্ভীর সিংহ মহারাজনা তিম্থুং-লাইথুং কোক্রবা লুপলম্মী হায়বসি মীয়াম্না থাজনরি। লোইমনা স্না হাক্তক অসিদা থাঙ্গপাং অসিদা হিয়াং তাম্নরম্মী। হৌজিক ইউ-নিভর্সিটিগী মমাং থাঙ্গপাং অসিগী অরাং মতোন ইথং থংবা শরুক অসি "হিজগাং" হায়না খংনরিবসি মকম অসিমক্তদা স্না থোংনাং পাম্বী অমগী মথোংদা হিয়াং হিরেল থম্নদগী 'হিজগাং' হায়না খং-নখিবনি হায়রৈ। মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী স্না হাক্তক্তসু "হিজগাং"গী ম্না চৈথারোল কুম্নাবদা পল্লি। কুম্নাবগী লমায় ২৫১ গী পরেং ১৯—২০ দা "২৯ নি থাংজদা হিজিগাংদগী হিরেম্না মঙক অরাং

পাংনা লৈখৎএ।" অস্মুম্না ইরি। মহারাজ গম্ভীর সিংহগী স্না হাক্তক্তা "লৈশাং হিদেল" গী ৱা চৈথারোন কুম্নাবদা ইরি।

কুম্নাবগী লমায় ২২৪ গী পরেং ২২ – ২৩ দা অস্মুম্না ইরি – "১৭নি ইরাইতা শ্রীমহারাজনা পানা ৪না লাংথবান্দা হিয়াং তাম্নবা চংলে।" অহুগা লমায় ২২৬ কী পরেং ১ – ২দা অস্মুম্না অমুক ইরি "২০নি থাংশতা ফিরিংকি সাহেপ ৩ লাংথবান্তা ময়ুম শাতুনা লৈবা হোৎএ। অতু নুমিত্তা মখোই ৩ না হিয়াং তোংএ।" লমায় ২৩২ গী পরেং ৬ – ১১ দা অস্মুম্না ইরি – "২৮নি শগোলশেন্তা লমপোইপা মীরৈশাকচা চংকোন কৌপা ১নং নিংথৌমচা খুরাইরাকপনে হায়তুনা মৈতে মচাকা মান্নতুনা নোংচুপলমতাইতা কোন্নুং চংএ।...... চংকোনপুতি লৈশাং হিথেনতঃ শকাই শানা হাংএ।" কুম্নাবনা স্না হাক্তক অসিদা লানফা ময়াম ফাবগা লোইননা লমায় ২১৬কী পরেং ২০—২১ দা তুরেল ফাংপগী ৱাস্মু ইরি। অহুনা স্না হাক্তক্তা মীয়াম হৌনা নিংথৌ মশা য়াওনা, লানফাশিং থবক তুহন্দুনা লৈশাং-হিদেল তৌখি লোইননা থাজপাং ওইনা শিজিন্নহুনা হিয়াং তান্নরম্মী অমম্মুং নিংথৌনা চিংথুং লাইথুং কোক্লবা হিদেল অসিদা লুপলম্মী অমদি য়াম্না মরুওইবা মফম অমা ওইরম্মী হায়না মীয়াম্না থাজনরিবসি অচুম্বা ওইগনি থাজে।

লৈশাং-হিদেল অসিদি গম্ভীর সিংহ মহারাজগী স্না হাক্তক অসিগী চহি চা কয়াগী মমাংদগীম্মু লৈয়রুবা অমনি। চৌরাজিং মহারাজগী মতমদম্মু "লৈশাং হিদেল" গী ৱা কুম্নাবগী লমায় ১৮৩ গী পরেং ৬-৭ তা অস্মুম্না ইরি – "......থাগী থোং লৈশাম

হিথেনতা খুংগু খুংগাই থোক্না হাংনৈএ।" খাগেম্বা ম্না হাক্তক্তা (খৃঃ ১৫৯৭—১৬৫২) দা লৈশাং হিদেল তৌথিবনি হায়না নিংথৌরেল কুম্বাবনা পল্লি। নিংথৌ ইরেংবগী সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) "শাকোক লমলেন" কৌবা লাইরিক্তা লৈশাং-হিদেলগী রা অস্কুম্না ইরি —

"..... ... অতুগী মতুং মতম অহুদা খুরায় লৈকাইগী নোংপোক লাইজি পাংবরমদগী হুম্নি নারোং অঙান থোকলকএ। হুম্নি নারোং অনিমকপু থোকলে হায়না রাকংলরে। নিংথৌনা গুরু অথৌববু উহুনা পুক্লাং হরাউনা হুম্নি নারোং অনীমক থোরক্লে হায়না গুরু দা রাকংলে। ........ ...হে নিংথৌ মাইক্ষবাও অস্মুম হায়রগা নারোংনস্ক হায়রকএ। হে নিংথৌ অপানবা-ও। নারোং এগী ইকমদি লৈশাম-হিদেল মপান্দনে। তৌবস্কু রারম অমহুম কায়বিরমগে"।

অহুগা "খোঙ্ক কারল" কৌবা লাইরিক্তা অস্কুম্না ইরি - "লৈল-খোমশঙদগী লাইখোংনা ইস্নোরকপদি লৈশাং হিদেলনা কাওয়ে। লৈশাং হিদেলদগী কৈবি থোংদা কাওয়ে। কৈবি থোংদগী থৌবাল থোংদা কাওয়ে। থৌবাল থোংদগী উশুং তাদা কাওয়ে। উশুং তাদগী তাকমেনদা কাওয়ে ........" অহুনা লৈশাং হিদেল অসি লৈশেম মুংশেংঙৈদগী লৈরকুবা পাখংবগী মথোকক্তমনি। চহি চা কয়াদগী লৈরক্লবনি। নিংথৌশিং অসিগী সনা হাক্তকশিংদা অসিগুম্বা য়ায়া মরুওইবা মফম অসি মমাংঙৈদগী লৈরকুবা নিংথৌশিং অসিগী মতমদা শেমদোক শেমজিন তৌবা ওইরমগনি।

তশেংনমক ইনৌ নৌনা তৌবগী রাক্মদি নত্তে হায়না হায়জনিংই।

ঙসিদি রাকম অসি মণিপুর বিধান সভাগী প্রেসিডিংদা য়াও-ডুনা হিরমসিদা সরকারগী মিৎয়েং চিংশিনবা ঙম্বগীদমক মুংঙাইজ-বা ফাওই। মণিপুর সরকারনা হিরমশিদা মতিক চানা পুক্নিং থিংজিনবিবগা লোইননা থবক অসি শুনমক পায়থংপিডুনা মীয়ামগী অপান্বহ্ খুংজনবিগনি থাজে।

রাইহ পরেং মঙা তরাদং লৈশাং-ফিদেলগী মরমদা ইজরিবশি থং-হৈডুনা তৌবদি নংচদে। য়াম্না চপা মওংদা থাঙ্গপাং অসিগী মরুওইবহ্ কোংদোকচনিংহ্না তৌবনি, লোইননা থাঙ্গপাং অসিবু শুনমক শেমগংহন্নিংবদগী ইজবনি। সরকারনা পুক্নিং চংবি-রিশিংগা লোইননা থবক ওইনা শুনমক পায়থংপিনবা লোইননা মী-য়াম্না অঙম্বা মতেং পাংবা য়াবশিংহ্ পাংবিনবা ইচম চম্না হায়বা রাইহ থরনি হায়না মীয়াম্না লৌবিগনি। অশোই অঙাম চুমথোকপি-বদা অমদি অরাং-অপা মেনথংপিবদা হরাওনা য়াজে। লোইননা মতেং পাংবিরকপা পুম্নমকপুম্ থাগৎচরি।

শ্রীও, জয় সিংহ

# লৈশাং-হিদেল

(১) ইম্ফাল সহরগী মথা থংবা শকুক্তা ইম্ফালদগী ত্রম্ফা তাম্না চংলিবা লম্বীগী ('নেসনেল হাইৱে – ৩৯ হায়না খংনরিবা লম্বীগী) লোংপোক থংবা মতামমক্তদা লিলোং কৈথেলগী থোংজু থোং ফাওরগা মণিপুর ইউনিভর্সিটিরোমদা চেনখ্রিবা থাঙ্গপাং অসিবু লৈশাং হিদেল মরিল তাইনা থাইনা মমাংইদগী খংনরকই। হায়রিবা মরিল অসি তুসিদি মী খরগী মমিংদা পান্দুনা লৈরে। অহুনা লৌউ শিংউবগী থবক্তা থাঙ্গপাং অসি শিজিন্নরি। ঈচেল অসি অশেংবা মফমনি। মসিগী হিদেলদা লুপ্লবদি তিংযুং-লাইযুং কোকই হায়না অহল-অমনশিংনা হায়ই।

(২) লৈশাং হিদেল থাঙ্গপাং অসি গম্ভীর সিংহ মহারাজ (খৃঃ ১৮২৫ — ১৮৩৪) দা লৈবাক মীয়াম হৌনা, লানফা ময়াম শিজিন্নহুনা অমদি নিংথৌ মশামক মাংহনা থৌখিবনি হায়নরি। খা-গেম্বা মহারাজ (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) দা থৌখিবনি। মহারাজ অসিনা কৈথুংনা কোথুং লেম্লম্মি। কাংলাগা থবক থানাদগী পোগাবা মতমদা কৈথুংগী কোনুংদা লৈরম্মী। মতৌ অসিগী অংগোমদা লৈরিবা থু থোংশিং অসি মহাক্কী মতমদা শেমগংলম্মনি। হৌজিক ঐখোয়না "থোংজু" কৌরিবা মফম অসি মতমদুদা ৭ গাম্না হৌবা অমদি মফম অদুগী ঙা-ঙামুক চাওনা হৌবা চিংশিং মাল্লগা থোং শাহনা কানবদগী মফম অসিবু "থোং-চু" হায়না মতাক্কা থোল্লম্লনি। মইমথংদা "থোংজু" "থোংচু" হাইনখিবনি হায়ই। নিংথৌ ইরেংবা হাউক্তা (খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) দুগি অয়াংলোংকী ৱারৌদা "লৈশাং হিদেল" অসিগী ৱা "শাকোক-লমলেন" কৌবা লাইরিক্তা ইরি। লোইননা "থোঙ কারল" কৌবা লাইরিক্তা "লৈশাং-হিদেল"

পাখংবগী য়াথোকফমনি হায়না ইরি। অদুবু "লৈশাং হিদেল" কসি লৈশেম-মুংশেমৰুদগী লৈরক্লবা য়াম্না মরুওইবা মফম অমনি হায়না অথং-অহৈশিংনা হায়রি। অসিগুবা মরুওইরবা পাখংবগী য়াথোকফম ওইরবা মফম অসিগী থাঙ্গপাং অসি মা হাক্তকশিং কয়াদা শেমগংতুনা নিংথিনা মফম অসিবু থমনবা হোৎনরমবনি। অদুবু নিংথৌশিং অদুগী মরক্তগী ইকোন কোনবদা লৈপাক মীয়ামগী নিংশিংনিংঙাই থোদোক কয়াগা লোয়নবা থাঙ্গপাং অসিবু নৌহৌ-না তৌতুনা শেমগৎখিবদি মহারাজ গম্ভীর সিংহনি।

(৩) খৃ: ১৮১৯-১৮২৫ ফাওবা চহি ৭ খুন্তাকলুবগী মতুংদা অমদি কবোগী মথাদা মীনাই ওইরুরবগী মতুংদা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মনাও ইবুংঙো নর সিংহ সেনাপতিগা লোইননা কবোবু মাইথিবা পীহুনা অমুক হন্না মণিপুরবু মনিং তমহনখি। মীনাই ওইরুরবগী তুংদা, নৌনা নিং-তমলকপগী ঊহৌগা লোইননা লাংথবান্দা কোমুং শেমখি। লোইননা লৈপাক মীয়াম হৌনা, লানফা-মরাম শিজিন্নহুনা অমদি নিংথৌ মশামক য়াওনা লৈশাং হিদেল থাঙ্গপাং অমুক নৌনা শেমগৎতুনা চেলহনখি।

(৪) নোংমগী অহিং অথেংবদা মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মহারাণী মাইস্নাম সিজ অপান্দৌনা লাই-লাওবগী থোজেলগুম্বা অমা তারম্মী। অথেংবা অহিংহুদা "হৈ-হা-হৈ, হৈ-হা-হৈ" হায়না লাওবা খোজেল কাবদা মহারাজবু হৌদোক্লম্মী। লানফাশিংবু ওন্মী হায়হুনা অহিং অথেংবা ফাওবা করিগা থবক শুহনবনো হায়না মহা-রাজদা হক্কৎলম্মী। নিংথৌনা অহিংদদি লানফাশিং থবক শুহন্দে হায়না হায়রবদা নিংথৌ অমম্মুং মহারাণীনা খোজেল অসি করিনো মাইকৈ কপোমদগী লাকপনো হায়বহু য়াম্না চিংননা অকি-

তুজুংবগা লোইননা তারম্মী। নিংথৌ মহারাণী অনিনা খোজেল তারিবা মাইকৈরোমদা য়াম্না ভপ্পা ভপ্পা চংশিন্দুনা খোজেলছু করিনো হায়না তারম্মী।

মতম অদুদা লালফাশিং অমত্তা লৈশাং-হিদেল মরিলদা থবক শুরমদে। মখোয় লোইনমক পোত্থাদুনা তুমদুনা লৈরম্মী। মখোয়না তুম্না-তুম্না অমুক সুংথিলদা থবক শুবগী রাখলদা মমংদা "হৈ-হা-হৈ হৈ হা হৈ" হায়না লাওবা ওইরম্মী। নিংথৌ-মহারানী অনিনা চিংনবদু কোকলম্মী অদুগা মহারানীনা লানফাশিংমা রানা অমুক সুংথিলদা নিংথৌগী য়াথং কিবদগী পোত্থাবা নাইদনা থবক শুবদগী মমং কাওবা থবক শুবগী রাখলদা লাওদুনা তুমলিবদু উবদগী নাম্বদুগা পি শিন্দুনা অহিং অদুদা শাপ তৌখি—"অসুক রানা লানফাশিং অসিনা তৌজরিবা থাঙশাং অসি করা শুম্বনা কুনজিন্নবা হোংনরবদি মী অদু, মপুন্সিদা সুংঙাইবা ফংদনা মাংবা 'ওইগ্রমখু'" অসুম্না মহারানীনা অহিংদুদা অশেংবা মীংকী পিগা লোইননা তৌখিবা শাপ অদুনা মরম ওইদুনা অসিগুম্বা মরিল অসি লৈপাক চুম্বা তৌইহেন অমদি কুমজিনবা তৌইহনে হায়না খাইবা মমাংদুদা চাংনরকই অমসুং হৌজিকসু অদুম মীয়াম্না চাংনরি।

(৫) লৈশাং-হিদেল মরিল লাইওইবা নিংথৌ করাগী হাক্তগী লৈরক্নবা মনিপুরগী ইতিহাসকা পানবা য়াদ্রবা অমনি। মণিপুরগী কাংলুপকী নিংতম্বগী ইতিহাস লৈশাং হিদেলগী রাম্মী য়াওদ্রবদি মপুং কাদে। কাংলুপকী শক্তম তাকপদা থাদোকপা য়াদ্রবা মহাক্তী রারিনি। লৈশাং হিদেলগী মরুওইবা চনি লৈরিবা কংলা থাজ-শাংতগী তাবা নংহে।

লৈশাং-হিদেল ইরিলবু শেমগৎনিংত্রবদি কাংলুপ্পু য়োকথৎ-নিংদবনি অমদি কাংলুপকী থৌদোক য়াম্লিবু থওইদবনি। মখোয়শু মণিপুরী কাংলুপকী য়েক্লবনি। লৈশাং হিদেল মরিল ফুমজিন্দুনা মাংহনখিবা হায়বসি কাংলুপকী থৌদোক য়াম্লিবু হিংফুম ফুমদুনা মাংহনবনি।

মীনাই ওইক্লরবা কাংলুপনা অমুক মনিং ফমথংল্লক্তুনা, মুৎলুরবা ফুরূপনা অমুক হিংগৎলক্তুনা শেমগংত্তুনা চেলহনখিবা লৈশাং হিদেলগী ঈচেলনি। নিংতমলবা কাংলুপকী শিংলিংগুংগী ঈগী ঈচেলহৌগা পাংখকনি, জাতিগী ইতিহাসকী লেপ্পুবা ঈচেলহৌগী শক্তমনি। ঈচেলশিদগী হেন্না শেংবা, হেন্না মক্ক ওইবা লৈফম থোক্তে, লৈফম থোকলোই। তশেংনমক লৈশাং হিদেল মরিলসি মৈরেবাক নুংশিবা, মনিংতম্বা পামজবশিংগী শেংলবা ঈচেলনি, শেংলবা মফমনি, জাতিগী ইতিহাসকী মরেক লারবা খুডমনি। অসি গুম্বা ঈচেলসিদা লুপ্পদা তিন্থুং লাইপুং কোকই হায়বদা কদিগী অরানবা ওইগনি? থাঙ্গপাং অসি ফুমজিনবা তৌহৈদে হায়বদা করি অশোইবা লৈগনি ?

(৬) অসিগুম্বা ঈচেলশিদা লুপচবদা তিনথুং লাইপুং কোকই হায়বদা অমদি থাঙ্গপাং অসি ফুজিনবা তৌহৈদে হায়বদা করিস্থু অরানবা লৈরোই। ঈচেল অসিদা লুপচবদা শিক্তম নারুম্বা ঐখোয়গী কাংলুপ অমুক হন্না মশা লেকথংকদবনি। মালেমগী মৈরেবাক মরমদম নুংশিবা কাংলুপ থুদিংমকী শেংলবা মফম্রি অমদি হৌখিবা মীরোলনা ঐখোয়দা পিরম্বা লেংত্রবা খুদোলনি। থাঙ্গপাং অসি

শেমগৎপদা চুহ্নতগী ঐতিহাসিক ওইবা খুদম অমা ফনবতা নত্তনা অমদি কাংলুপকী অশেংবা শক্তম তাকপদা কারবতা নত্তনা হিরম কয়াদা মীয়ামদা কান্নবা ফংহনবা ঙমগনি। মতুদি :—

(ক) ইনৌ নৌনা শেমগৎকদোরিবা ইম্ফাল সহরগী মশক ফজহনবদা মসিনা মতেং পাংগনি।

(খ) অরাং নোংপোক ভারতা তোপ-তোপ্পা মশক তাক্লিংলিবা মণিপুরগী চাওখৎলকচরিবা ইউনিভরসিটি অসি ফজবা হেনগৎহনবদা অমদি তোপ-তোপ্পা মশক তাকপদা অচৌবা মতেং অমা ওইগনি।

(গ) ইম্ফাল সহরগী মনুংদা অমদি মপানগী অকোয়বা লমদা মীয়াম্না তাইহাক্লং চংখোক্লুনা পোথাকনবা মফম কৈরবতু মফম অসি নিংথিনা শেমগৎলগা মীয়ামগী ফজবা মিংয়েংফম অমদি পোথাকম ওইনা শেমগৎপা য়াগনি। মীয়ামগী মিংয়েংফম অমদি পোথাকম ওইগনি।

(ঘ) থাঙ্গপাং অসিগী ঊশিংনা ইম্ফাল সহরগী দরকার লৈবা ঊশিং অমদি অকোইবদা লৈরিবা প্রজাশিংগী ঊশিং পিবদা কান্নগনি। অমদি অচিক-অশা থাইংবদা চাং চানা থম্নবগী থাঙ্গপাং অসিগী ঊশিংনা অচৌবা মতেং পিগনি।

(ঙ) ফজবা মফম অমদি মীয়ামগী পোথাকম শেমদুনা হিনচিংবা থাদদুনা সরকারগী পৈশা কাহনবা অমদি

ঙংনচিংবা থাদহুনা মহুনা সরকারগী পৈশা তানকর্ম অমস্থ ওইবা য়াগনি।

(চ) চায়রিবা থবক অসি পাংথংগদা অনকপদা অমদি অশাম্বদা লৈবা মণিপুরগী প্রজা থরগী হিংনবগী উপায় পিগনি। লোইননা মাইকৈ অশোমদা লৈরিবা প্রজাশিংনা মাইকৈগী চাওরবা শেমগং-শাগংশগী থোরাং অমা পাংথোকপনি হায়না মপুক্রিংদা ফাওজবা উমগনি।

(ছ) রাক্ষমশিং অসি থক্তরুংরগা লৈশাং-হিদেল অসি নিংথিনা শৈমগংতুনা থহনা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফবা পুরকপদা অতোবা মতেং ওইবা অমদি অশেংবা কান্নুপা অসিগী শক্রম তাকপদা থাজনবা মচাক অমা ওইবতা নত্তুনা হিরম কয়াদা কায়গনি হায়না থজহনা ঐগী লনাই রাবেপ অমনা ১৯৮১ গী জুলাই থাগী ৩১ গী মণিপুর এসেম্ব্লীগী মীফমদা রাক্ষম অসি থমনবা পুথোকখি।

রাবেপ অসু থমনবা পুথোকপদা ঐনা মণিপুর এসেম্ব্লিদা হুমীংতুনা হায়খিবা অমদি লৈনখিবশিংহুগী চাওরাকপা অমদি শম্লপ্পা রাবোলদি মথাগী অসিনি।

শ্রীওঃ জয় সিংহঃ—ইকায়খুম্নবা ইবুংঙো, ঐনা পুথোকচরিবা লনাই রাবেপ অসি লৈশাং হিদেল মরিলবু নিংথিনা তোথোক্তুনা ঈশিং য়োক্তুনা থমলবদি চাওথোক-দোরিবা ইম্ফাল সহরগী মশক ফজহনবা; হৌজিক লৈরিবা মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী মশক ফজহনবা

অমদি ইতিহাসকী খুডম অমা কনবা ঙমগনি হায়বসিনি।

ইতিহাসনা লান্না ফংবা মতমহূদগী হৌনা অমদি কুইরবা মতমহূদগীম্ভু হৌনা মণিপুরনা মনিং মখা তমজবা লৈবাক অমা ওইনা লাকখি। অসিগুম্না জাতিগী নিংখা-তম্নগী শেংলবা ইতিহাস অসি কৰিগুম্না মতমদা কৈরেংনবা ইতিহাসকী থৌদোক্তা চমোংহনখি। মতাংশিদা এখোয়না ১৮১৯ দগী ১৮২৫ ফাওবগী মণিপুরগী চহি ৭ খুজ্ঞাকপগী অমম্না ইতিহাসতু নিংশিংলি। অহু-গুম্না মতমহূদা এখোয়গী জাতি অসি কবোগী মখাদা মীনাই ওইরুরবনি অমদি এখোয়গী জাতি অসি পুংমুং মুংলমগদোরবনি। অহুবু মহারাজ গম্ভীর সিংহনা এখোয়গী জাতিবু অমুক হন্না মনিং তমহন্দুনা, এখোয়গী জাতিনা অমুক হন্না মনিং-মখা তম্নগী নুংশা শোর অহু অমুক হন্না হৌনবা ফংজখি। অমুক হন্না নিংতম্বা ফংলকপগা লোইননা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা ইনৌ নৌনা লংথবালদা কোনুং শেমখি লোয়ননা লৈশাং হিদেল মরিল নৌনা শেমগংখি।

---

*জুন ৩১, ১৯৮০ গী মণিপুর বিধান সভাগী মীফমগী প্রোশিদিং

মমাংঙৈদদি লৈশাং হিদেন্দা লুপ্লবদি তিনথুং-লাইথুং কোকই হায়বৈ। মসি অৱাং পাংনা চেল্লম্বা ঈচেল অমনি। ঙসিদি মরিল অসি ফুংজিন্দুনা তোংঙানবা শকক্ষম অমা ওনপ্রে। লৈশাং হিদেল ইতিহাসকা ওংন থানবা য়াত্রবা মরুওইবা মক্ষম অমনি।

নোংমগী অথেংবা অহিং অমদা কুমুদিনি মহারাণীনা লানফাশিংনা লাওনলাওহুনা থবক শুবগী খোঞ্জেল থাংদগী চংশিন্দুনা য়েংবদা কাইফাশিংনা থবক শুবগী মওংদা মমংদা লাওলাওহুনা অশিবগুম্না তুমহুনা লৈবা থেংনরম্মী। অদুনা মহারাণীনা লানফাশিংনা রানা তৌজবা থাঙ্গপাং অসি কনানম্ম ফুনগনু হায়না অহিংহুদা শাপ তৌখি অদুনা অশিগুম্না লৈশাং হিদেনবু নিংথিনা শেমজিন্দুনা থম্না হায়বসি ঐখোয়গী ইরৈপাকপু অমুক নিংতমহনবিরম্না ঐখোয়গী জাতিদা নিংতম্বগী অনৌবা থরায় হাপ্পিরম্না মহারাজ গম্ভীর সিংহ লোয়ননা মহারাণী ঐখোয়না ইকাইখুম্নবা উংচবনি অমদি নিংতম্বগী লানহুবু ঐখোয়না কাওদনা থমজবনি।

হান্না কুংতুনা থাঙ্গপাং ওইহুনা লৈবনা পৈশা থরুতনা শিন্না য়াগনি। অত্তোপ্পা থুদোংচাবা

অমদি ইম্ফাল সহরগী মনুংদা মিংয়েংকম অমা শেমগংপা য়াগনি লোইননা মীয়ামগী পোথাকম অমা ওইহনবা'য়াগনি। মহুমা এসিয়া মহাদেশকী মনুংদা মমিং চংপা ইউনিভরসিটী ওইহল্লিংলিবা ঐখোয়গী ইউনিভরসিটি অসিমক্তা মশক ফজহন-গনি। পুক্তি ওইনা শিজিন্নহনা ঈশিং য়োকপদা কান্নগনি। লৌরোক অনিমক চাবগীদমক্তসু ঈশিংগী কান্নবসু পিবা ঙমগনি।

লোয়ননা কংলা থাক্পাংকুম্বা ঙা থাদরগা শেল তানবদসু কান্নগনি। রাকমশিং অসিগা লোইননা ইকাইখুম্নরবা মণিপুর এসেমব্লীগী মেম্বর পুম্নমক্না রাখল অমত্তা ওইনা য়াবিগনি থাজবগা লোইননা ঐগী রারেপ অসি থমজরিবনি।

রারেপ অহু থম্নবদা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর শ্রীরিশাং কৈশিংনা নুমিৎ অহুমক্তদা মাগী পাওখুম পিখি। চীফ মিনিষ্টরগী পাওখুমগী শম্নপা মথোলদি মথাগী অসিনি :—

শ্রীরিশাং কৈশিং :– ইকাইখুম্নরবা ইবুংঙো. রারেপ অসিদা পল্লিবা নৈশাং হিদেল হায়রিবসি ঐখোয়দি করিমত্তা থংলমদে। অহুম ওইনমক ইকাইখুম্নরবা মেম্বরনা ঙাংবহু তারগা মহুগী মরুওইবহু থংজয়ে। অহুবু লিশোং কৈথেলদগীনা খোংজু উকু ফাও-বদা নৈরিবা পাং অসিগী মনুংদা নৈরিবা লম

অসি চাওরাক্লা একর ৫৭.৬৯ রোমদি পাট্টাগী লম ওইগনি অদুগা পাট্টাগী লম নত্তবনা একর ২ দগী তাগনি। লমশিং অসি লৌশিনবদা চাওরাক্লা লুপা লাক ৩০ রোমদি চংগনি। ছেট্টকী হৌজিক লৈরিবা চাওখৎ থোরাংগী লেলকম অসি দগী থবক অসি হৌজিক হৌজিকমক পাংথোকপা ঙমগনি হায়বা থাজদে। রারেপ অসি পুথংপিরকপগীদমক্তা ইকাইখুম্নরবা মেম্বরবু থাগৎচবগা লোইননা রাকম অসি য়াম্না য়ানিংনা, য়াবদি ঙমজরোইদোরি, অদুনা মতুংদা থম্নগা য়াব্রা য়েংনবা রারেপ অসি লৌথোকপিয়ু হায়জনিংই

ঐনা হায়জখিবা রারোলশিং অমদি শ্রীরিশাং কৈশিং চীফ মিনিষ্টরনা খুমলিবশিং পুম্নমক তারগা মতমদুগী স্পিকর শ্রীয়াইমা সিংহনা মথাগী অস্নম্না মাগী কল্লিং হাউসতা পিখি।

শ্রীরাইঃ রাইমা সিংহ :– ইকাইখুম্নরবা শ্রীও, জয় সিংহগী রারেপ অসি ঐতিহাসিক ওইরবা লৈশাং হিদেক মরিল তৌথোক্তুনা ঈশিং য়েংক্লগা কাঞ্চিপুরগী ইউনিভরসিটি ফজহনবা অমদি ইতিহাসকী খুত্তঃকন্নবা তৌবিয়ু হায়না সরকারদা হায়জশি হায়বনি। ইকাইখুম্নরবা চীফ মিনিষ্টরনা হায়রিবদি রাকম অসি হৌজিক হৌজিকমক্তি ওইথোকপা রাগনি অসিনি। অসিগুম্বা রারেপ অসি

য়াখোকপনা হেন্না কৈ হায়না ঐদি খল্লে। সরকারনা অচম্বা মখৈ হোংনহনা অমদি ওইখোকপা য়াবশিংবু য়েংবিরগা চম্বা মখৈ থুনা থোরাং অসি পায়খৎপিয়ু হায়বা মাইকৈ অশোমদা ঐচোন্দগী শেংদোকচগে। লোইননা য়ারেপ অসি য়ারে হায়না লৌজরে।

য়ানগ্রবা য়ারেপ অদুগী চপ চাবা শরুক অমত্তং য়ারোলদি মখাগী অসিনি :—

মণিপুর এসেমব্লিগী তাং ৩১/৭/৮১ ইংগী মীফমদা য়ানগ্রবা ১৭ শুবা য়ারেপ।

ইম্ফালগী ময়াদা লৈরিবা অদুগা চাওথোক্লগা ইম্ফালগী অমুং চনগদৌরিবা লিলোং কৈথেলদগী হৌরকপা অদুগা ইউনিভরসিটি কাওনা চেল্লিবা ঐতিহাসিক ওইরবা লৈশাং-হিদেন মরীল হায়না খংনরিবা থাক্সপাং অসি ভৌথোক্লুনা নিংথিনা ঈশিং য়োক্লুনা থম্লবদি ইম্ফাল সহরগী শরুক ফজহনবগা লোইননা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী শরুক ফজহনবদা অচৌবা মতেং পাংগনি, মরু-ওইনা ইতিহাসকী খুত্তম অমা ময়েক লানা থম্বা ঙমগনি অমদি য়াজা অসিগী শেল খুমগী ফিত্তম ফগংহনবদা মতেং পাংগনি।

অঙ্গুনা মণিপুর বিধান সভানা হাঁয়গী
লৈশাং-হিদেল মরিল অসিবু তোথোক্না ঈশিং
য়োক্নুনা থম্নবা গভর্মেন্টনা হোংনবা য়াবা
হোংনবিনবা, থংহনবা লেপ্লে।

সহী
শ্রীরাই, য়াইমা সিংহ
স্পিকর
মণিপুর লেজিস্লেটিভ এসেম্বলি।

ইম্ফাল
জুলাই ৩১, ১৯৮১ ই

মণিপুর বিধান সভানা য়ানখ্রবা বারেপ অসি চহি ৫ চুপ্পা থবক অমত্রা পায়থংলক্তবদগী করিগী সরকারনা থবক ওইনা পায়থং-ত্রিবনো হায়না নৈনবা ১৯৮৬ কী জুনগী তাং ১৯গী মীফমদা বাফম অসি অমুকন্সু হন্না বিধান সভাদা থম্নবা পুথোকখি। বাফম অদু পুথোকপদা তাংনখিবা চাওরাকপা শকম অমদি মথাগী অসিনি –

শ্রীও, জয় সিংহ: – ইকাই খুম্নবা ইবুংঙো, ১৯৮১দা হৌজিক লৈরিবা চীফ মিনিস্টরগী মতমদা হাওস অসিদা লন্নাই বারেপ অমা লৈশাং-হিদেল শেম্নবাগ য়া-নখিবা অসি কাওবা থবক ওইনা পায়থংতবসিনা কাম্নত্রবা বারেপ ওইরে। লৈশাং-হিদেল থাঙগাৎ হায়রগা ঐথোয়না থংনরিবা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদগীনা লিলোং ফাওবদা নেসনেল হাইরেজ নম্বর ৩কী হেক মমাং থংবমক্তদা

লৈরিবা মরিল অসিবু নিংখিনা শেমগৎতুনা থম্ম-পগীদমক্তা বাক্কম অসি পুথোকচরিবনি। বাক্কম অসিগী রাপ্সেপ অহু খন্নবা মতমদা থাঙ্গপাৎ অসিগী মরুওইবহু যাম্না কুপ্না খন্নরে। থাঙ্গপাৎ অসি যাম্না কুইরবা খাগেম্বা মহারাজগী চাকতক্তা শোক ১৫৯৭-১৬৫২ ফাওবগী মমুংদা তৌখিবনি, চপ-চাবা করম্বা চহিদা তৌখিবনো হায়বহুদি অখঃ অহৈশিংনা থংগনি। অহুবু নিংথৌয়োল শুন্থাবগী মতুংইন্না খাগেম্বা মহারাজগী চাকতক্তা তৌখিবনি হায়বসিমদি শোইদ্রে। মহুগী খুদমদি খাগেম্বনা মরিল অসিদা হি হৌন্দুনা চংশিন্নী হায়-রৈ কৌখিবনি। চু থাহুনা থোং ওইনা লানবদগী "থোং চু" হায়না খোনশিবনি মথৈথংদা থোংজু; থোংজু" হায়না কৌখিবনি। লৈশাং-হিদেল মরিলগী ইতিহাসকী ওইবা হায়নিংঙাই লৈতনা মরু ওইবমু লৈ। ঐনা রাপ্সেপ অহু হাউসত্তা পুখৎপা মতমদা ১৯৮১ গী জুলাইগী ৩১গী এসেমব্লী মীফমদা হায়জখিবহুনি। মহুদি ইং-শোক ১৮১৯-১৮২৫ ফাওবা মতমসিদা ঐখোয়না থংনবা চৌরজিৎ-মারজিৎকী লান অহুনা মণিপুর চহি ৭ খুত্তাকখি। মণিপুরগী মনিংতমলম্বু

মাংহৌনা কবোগী মখাদা চহি ৭ মীনায় ওইখি। চিরবা তাঙ্গা অহুদা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মণিপুরবু অমুক হন্না মনিং-মখা তমহন্দুনা ইন্নৌ-নৌনা মণিপুরী জাতীয় মুংলুপগদৌবদগী হিং-গংহনখি লোয়নন। লাংথবালদা ইহান হান্না কোন্নুং শেমখি লোইননা লৈশাং-হিদেল মরোল অসি অমুক ইনৌ নৌনা শেমগংখি। অহুনা হায়রিবা থাঙ্গপাং অসি অরিবা পোংশক অমনি অমস্তুং মসিগী মরু ওইবস্তু চুপ্সি লৈরিবা কংলা-গী থাঙ্গপাংতগী তাদে হায়নিংই। অহল-লম্মনশিংনা মরম অসিবু অশেংবা মরম্না। মসিদা লুপ্লগা লাইরুং কোকই হায়নরীবনি। কনাগুম্বনা ১৮১৯-১৮২৫ ফাওবদা তৌব হায়বগু চুমদে, হান্না লৈভরক্সদগী হায়রিবা মতম অসিদা অমুক নৌনা শেমগংপদনি। লানফা ময়ামনা অয়ুক-নুংথীল থাম্বদনা রানা শেমগংখিবা পাং অসিবু ফুমজিল্লবাদি অহুগুম্বা মীওইশিং অহু নুংঙাইবা ফংদবা ওইয়ু হায়না মৈস্নাম সীজ অপাম্বী মহারাণীনা সাপ তৌরম্মী হায়নৈ। অহুনা থাঙ্গপাং অসি ক্রুনবা তৌইহদে অমদি কনাগুম্বনা লৈতুম থাদবা ফাওবা তৌইহদে হায়-হুনা চৌতিক থাওবা হায়নরি। মীনাই ওইক্রবা

জাতী অমনা নিং-থা তম্নগী খুদম অমা ওইনা শেমগৎপ্রবা ঈচেল অমনি। মুংলুগদোরবা ঐখোয়গী কাংলুপ্পা অমুক হিংগৎলকপগী অহু-গুম্না য়ারীশিংহুগা লোইননা শেমগৎখিবা মফম অমনি।

মসিদগী হেন্না শেংবা অতৈ ঈচেলশিং লৈফম থেংক্লে অহুনা মসি মরৈবাক মজাতীবু নুংশিজবা মী পুম্নমকীদি থাইদগী হেন্না শেংবা মফম অমনি লোইননা জাতীগী ইতিহাসকী ময়েক লারবা অমদি শেংলবা খুভম অমনি হায়-নিংই। ইতিহাসকী মরু ওইবা খরদং অসিদা নংতনা থাঙ্গপাং অসিবু শেমগৎতুনা চাওখোক্রবা ইম্ফাল সহর ফজহনবদা, মণিপুর ইউনিভরসিটি ফজহনবদা, মীয়ামগী ফজবা মীংয়েংফম অমা ওইহনবদা, ভা য়োকপা অমদি লৌউবনচিংব-গীদমক্তা ভোঙান হোঙানবা ঙীরম কয়াদা কান্নবা পীগদোরীবনি। অসিগুম্না য়াফমশিং অসিগা লোইননা ঐনা অসিদগী চহি ৪/৫ গী মমাংদা এসেমব্লীদা পুখোকচখিবা য়ারেপ অমা এসেমব্লী অসিনা থমহুনা য়াবীখিবা অহুবু চহি ৪/৫ ভরবা ফাওবদা থবক ওইনা সরকারনা ভৌবিরক্ত্রীবসি করিগীনো অমদি সরকারগী

মায়কৈদা করি অরুবা লৈবগে হায়বত্থু খংনবা লোইননা সরকারনা রাকম অসি থবক ওইনা অথুবা মতম পায়খৎপীররুবা রাকম অসি থম-জরীবনি।

মুমিং অন্থমক্তদা রাকম অসিগী পাওখুম সরকারগী মায়কৈদগী শ্রীঅকোয়জম রাধাবীনোদ এল, এস. জী পুবা মন্ত্রীনা পাওখুম পিবিগি।

পাওখুম অন্থগী সম্নপ্লন্থ মখাগী অসিনি।

শ্রীরাধাবীনোদ, এল, এস, জী, মন্ত্রী, :- ইকাই খুম্নবা ইবুঙো, লৈশাং হিদেল মরিল অসি অমুক হন্না তৌথোক্লুনা ঈশিং য়োক্লুনা, ইতিহাসকী ওইবা নীংশিংনিঙাই ওইবা মফম অমা ওইনা অমম্মুং ইতিহাসকী মরুওইবা মফম অমা ওইনা থম্মানবা রাকম অসি ইংশোক ১৯৮১ দা থম্লগ্রবনি। শ্রীও, জয় সিংহনা পুখৎপীরকপা লম্নাই রারেপ অন্থ মণিপুর বীধান সভানা জুলাইগী তাং ৩১ ইং-১৯৮১ গী মাফমদা থম্নন্থনা য়াগ্রবনি। লৈশাং -হিদেল য়াম্না ঐতিহাসীক ওইনা ঐখোয়গী নিংশিংনিঙাই ওইবা হিদেলনি হায়বসি য়াম্না চুম্নবা রাকননি। চহি ৭ খুন্তাক্লুরবা মত্থংদা গম্ভীর সিংহ মহারাজনা লাংথবালদা কোন্নুং

শাহনা অমুক হন্না লৈশাং হিদেলশি শেমজিনবগী অমসুং হায়না মহুগী মমাংদা থাগৎপা মহারাজনা পাল্লিঙ মতমদা তৌখিবা অশিনচিংবা য়ারেপ পুথোকপীরকপা ইকাইখুম্নবা মেম্বর শ্রী ও, জয়না হায়রা মরিক চুম্মু মতমহুদা তশীগ্রবনি। হৌরিক অমুক নোংহৌনা হল্লৌরি। শোক ১৯৮১ দা য়ানগ্রব রাজেপ অসি থবক ওইনা পায়খৎপদা এখোয়গী খজিক্কুং থিনবা লৈরম্লে; থবক অসি এল, এস, জী, ডিপার্টমেন্টকী মথাদস্ত তাদবা, মুনিসিপাল বোর্ড এন্দ্রগা স্মোল টাউন কমিটিশিংদস্তু তাদবা অহুদগী আর্টস অমস্তুং কলচরদস্ত তাদবা অরকোলোজিকেল ডিপার্টমেন্টদা অমুক য়েংলুরগস্তু অরকোলোজিকেল ডিপার্টমেন্টনা লাওথোক্লিবা হিস্তোরিকেল মোনুমেন্টদি অসি মইখনি হায়রুগা মণিপুর গভর্ণমেন্টনা লাওথোক্লিবা অরুণী মনুংদস্তু চল্লমদব অসিগুম্বা খুদোংচাদবা থম্লা লৈরপদগী রাজম অসি থবক ওইনা পাংথোকপদা হন্না থজিক্কুং থিনগ্রবনি। রাজম অসি এল, এস, জী, ডিপার্টমেন্টনা তৌপদবা থবক অমা ওইনা নহাল মইখদি লৈরম্মী।

অহুবু থাংজিলশেংবমক্তি এল, এস, জী, ডিপার্টমেন্টনা তৌগদবা থবক্তি নংত্তে।

অহুনা করম্বা দিপার্টমেন্টনা থবক ওইনা পাম্ন-থংপা অমদি মসিগী শেনফম্না করম হায়না কদায়দগী লৌগদগে অসিনচিংবা কেবিনেটতা পুথোক্লগা থম্নবা ঐখোয় শেম শাগরে। অহুম্না থুনা থবক অসি পায়খংপদা লুগদৌরিবদি হৌজিক্কী লৈশাং হিদেল হায়হনা লবুক ওইনা লৈরিবসি একর ৩৯.২২ নি। মসিগী মনুংদা একর ৩৭.৬৯ দি পাট্টা তাবা লমনি লেমহৌরিবসি একর ১.৫৩ ওনি। গভর্নমেন্টকী অতাংবা লম ওইরিবদি য়াম্না পিকথ্রবা লমনি। লম অসি লৌশিনবদা য়াম্না পিকনা পারবদা নুপা কাখ ৩০ গী ময়াদা চংই। অহুদগী অমুক তৌথোকপা ফজহন্নবনচিংবা থবক পায়খংপদা নুপা ক্রোর তঙ্খায় অমদি শোয়দনা চংগনি। মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী লৌশিল্লবা লমশিং হৌজিক ফাওবা স্কেটপুরোল পাবা ওমদহুনা বেরা তৌনরি। অহুনা হায়রিবা পাট্টা তারবা লমশিং অসি মহলগী য়েংনহনা লৈরবদি খুদোংথীবা লৈগনি। হায়জরিবসি লৌরোই হায়বগী রাফমদি নংচদে। রাফম অসি ঐখোয়গী ইতিহাসকী য়াম্না মরু ওইবা অমদি মরী লৈনবা ওইবনিনা সরকার অসিনা শোইদনমক পাংথোক্লবগী অচেংপা রাখল অহুম্না

লৈজৈ। ঐনা হায়জনিংবদি হাওসকী মেম্বর পুম্নমক্ক য়াম্না থরায় য়াওনা লৌবিরিবা ঐখোয়গী ইতিহাসকী মরী লৈনবা মৈতৈরোলদগী লৈরক্লবা হিন্দেল অসি করম্না শেমগৎশিগে হায়দি থমসিগে হায়বগী মতাংদনি।

মমল য়াম্না রাংনা একর অমদা লুপা লাক্ষ অমগী মংক্লা লৌশিনবা তারবদি খুদোংচাদবতু লৈগনি হায়জনিংই। অহুনা কৌজিক লম লৌশিনবগী জাতিনস্কু লৈবনিনা আইন অসিগী মতুং ইন্না লমশিং অসি লৌশিনবা তাবনি। অসিগুম্বা ফিভমশিং অসি লৈবনিনা সরকারগী মাইকৈদস্কু শেল-থুমগী ফিভমগীস্কু অকনবা লৈরবানিনা খুদোংচাদবা থকা লৈ। মরম অসিনা ইকাইখুম্নবা মেম্বরশিংনা মরুওইনা ইকাইখুম্নবা মেম্বর শ্রী ও. জয়না লমদম অদোমগী মীওইনা করি মতেং পাংবা য়াবগে হায়বতু পাংবিয়ু। মতম অমদা লমশিং অসি সরকারনা পীথোকখিবনি। মরম অহুনা লৌ মপুশিং অহুগী সরকারগী য়ানরগী লোইশিন্নবা হোংনবদা মেম্বরশিংনা মতেং পাংবিয়ু লোয়ননা ইতিহাসকী ওইবা মফম অসি কন্নবা হোংনবদা অঙম্না মতেং পীবিয়ু। মফম অসি ইতিহাসকী

ওইবা মফম অমা ওইবদা নংতনা মীয়ামগী মীং- য়েংফমগী মফম অমা ওইবা য়ানবস্থু হোংনসি মায়কৈ অদোমদা সরকারনা লৌখৎপা য়াবা থবকশিং লৌখৎনবগীদমক্তা কেবিনেটতা পুখৎনবা তৌজরে হায়না ঐনা হাংদসে অসিদা খংহল্লুরি।*

৯) তাংলবা মণিপুর লেজিস্লেটিভ এসেমব্লীগী মীফমদা রাফম অসি থম্ন-নৈনবা ফংখিবগীদমক অমদি ইকাইখুম্নরবা মেম্বর-শিংনা মতেং পাংবিখিবগীদমক্ত, ইকাইখুম্নরবা স্পিকর অমদি মেম্বরশিংবু ঐগী মাইকৈদগী থাগৎচরি। মণিপুর সরকারনা হিরম অসিদা পুক্নিং থিংজিনবিবগীদমক্ত থাগৎচরি লোয়ননা থুনমক থবক অসি পায়খৎলকপদা মীয়ামগী বাংলুপকী, রাজনিতিগী অমদি ধর্ম্মানীতিগী খেংনবা পুম্নমক থাদোকপীত্না অক্তম্বা মতেং পাংবিয়ু হায়না ঐনা থম্মোয় শেংনা হায়জরি। মরুওইনা থাঙ্গপাং অসি শেমগৎপদা শোক্নদবা লমশিংগী মপু ওইরিবশিংনা লৈবাক্কী, মীয়ামগী অমদি তুংগী মীরোলগী খন্থবিবগী লোইননা পুকচেল চাওবা উংপীহনা অক্তম্বা মতেং পাংবীয়ু হায়হনা নোল্লু ক্লা হায়-জরি। সরকারনস্থু থবক অসি হারিবা মশেল থুনামক পায়খৎপীত্না অথুবা মতমদা লোইশনবীফম থোকই হায়জনিংই। থবক অসি পায়খৎপদা লুপা লাক্ষ শরুথক চংবত্নগী চিংনফম থোক্তে। তুংগী ইতিহাসনা অমদি তুংগী মীরোলনা নিংশিংহৌরগদবা অচৌবা

---

*মণিপুর লেজিস্লেটিভ এসেম্ব্লীগী তাং ১৯, জুন ১৯৮৬ কী মীফমগী প্রোশিডিংস।

ইতিহাসকী থৌদোক অমা ওইরমগদবনি। টহান-হাম্না নিংথৌ কয়া-না তৌখিবা থৌশাং হিদেল থাঙ্গপাং মথংদা গম্ভীর সিংহ মহা-রাজনা নিংতম্বগী ঈহৌপা লোইননা অমুক হন্না শেমগংখিবা মথংদা অমুক মাংলুরবা থাঙ্গপাং অসি করম্না, করিগী অমদি কনানা অমুক নোংচৌনা শেমগংখিবনো হায়বহু মণিপুরগী ইতিহাসকী লমায়দা চাওনা টহনা থৌহৌরগদবনি। থবক অসি পাম্বংপদা লুপা লাক থরদং চংবদা কবি চিংনলিডাই থৌবগে।

(১০) ভরোইবা ওইনা ঐনা হায়জনিংলিবদি ইতিহাসকী মরু ওইবা থৌদোক অমদি মকম হায়বলিমক থৌশানা মহল শেম্না য়াবা মণি-মুক্তনা মহল শেম্না য়াবা পোং নত্তে। শোক ১৮৯১ গী খোংজোম লানগী ইতিহাস নত্রগা আগস্ট ১৩গী বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙ্গাল অংথোবশিংবু থৌরি য়ান্দুনা হাংখিবগী ইতিহাস শেলনা থৌবা ফংগদবা নত্তে। চাউভোরগী মহারাণী পদ্মিনিগী রারী নত্রগা মহারানা প্রতাপ সিংহগী রারী নত্রগা মরাথাগী শিবাজিগী রারী হীরাগা অমদি মণি মুক্তাগা ওমহনা লমদমসিগী ইতিহাসতা হাপচিনবা য়াগদবা নত্তে।

ঐখোয়না লুপা কোটি কয়া তিংথোক্তুনা লমদম অসিদা "জলিয়ানা বাগ" শেমগৎপা য়ারোই। বেঙ্গোল সরকারনা লুপা কোটি কয়া তিংহনস্থ মোইরাংগী আই. এন, এ মেমোরিয়েল অসিগুম্না অমা শেমগৎপা ওইথোকলোই। লুপা কোটি ময়াম অমা খরচ তৌরবস্থ খেবচীং ময়াম লমদম অসিদা শেমগৎপা য়াবা নত্তে। পুম্নমক অসি মতম মতমহুগী তাংলবা ইতিহাসকী থুদে.ল

ঙাক্তনি। ঐখোয়গী লৈশাং-হিদেলস্তু অহস্তুং চিদেল অসিগী বারীস্তু মণিপুর ইতিহাসকী থাংলবা খুদোলনি। তুমিংনা থানা লৈরিবা মখৈ অমদি মালেমদা মীওইবা জাতীনা হোংলিবা মখৈ লৈশাং-হিদেলগী বারী মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েক লামা ইজুনা লৈহৌরগনি। মাগী লেপতবা অমদি তপ্পা চেনবা ঈচেলনা মীনাই ওইকুরবা জাতীনা মনিং তমলকপগী অমদি মুংলুংদোরবা কাংলুপনা অমুক হিংগৎলকপগী মরীক চুম্বা থৌদোক রারীশিংদু তুংগী মীয়োল কয়াকয়াদা লিরকখিগনি। লৈশাং হিদেলগী মরিক চুম্বা থৌদোক বারীশিং নোংমদি শোইদনা মালেমগী মীয়াম্না তানরকখিগনি।

"লৈশাং-হিদেলগী ঈচেল তংতবা ওইরসনু,
জাতীগী ইতিহাসকী ঈচেল লেপতবা ওইরসনু"।

——

# অরানবা-চুমথোকপা

| অরানবা | অচুম্বা | লমায় | পরেং |
|---|---|---|---|
| লাইননা | লোইননা | খ | ৩ |
| থিজিনজরুগা | থিজিনজকরগা | খ | ৬ |
| চৈথারোন | চৈথারোল | গ | ২ |
| লৈরক্রবা | লৈবক্রবা | গ | ২০ |
| চৌরাজিৎ | চৌরজিৎ | গ | ২০ |
| খোঙ কারন | খোং-কারন | ঘ | ১৪ |
| প্রোসিডিংদা | প্রোসিডিংসদা | ঙ | ২ |
| চংবিরিশিংগা | চংবিবগা | ঙ | ১৪ |
| আরোংকৌ | নারোংকৌ | ১ | ২১ |
| খোঙ | খোং | ১ | ২৩ |
| অহবু | অহনা | ২ | ১ |
| ফৌদোক্রখা | হৌদোক্রম্মী | ২ | ২০ |
| অসি | অসিদা | ৩ | ১৫ |
| ইরিলবু | মরিলবু | ৪ | ১ |
| চযোংহনখি | চযোংনহনখি | ৭ | ২০ |
| লাইকাশিংনা | লানকাশিংনা | ৮ | ৯-১০ |
| লাও লাওহনা | লাও-লাওহনা | ৮ | ১০ |
| মহারানী | মহারানীদা | ৮ | ১৮ |
| অসি | অসিগী | ১০ | ১৬ |

(খ)

| অরানবা | অচুম্বা | লমাय় | পারেং |
|---|---|---|---|
| শেয়বাল্ | শেয়বা | ১২ | ১৬ |
| য়াংহ্না | মাঙহ্না | ১৪ | ১ |
| ভোব | ভ্োবা | ১৪ | ১৩ |
| অমিদা | অসিদ | ১৫ | ১১ |
| ম্ভম | মতমদা | ১৬ | ৩ |
| ভোরম্বী | ভোরম্বী | ১৭ | ৩ |
| ওইরমগদবনি | ওইরগদবনি | ২১ | ১ |

( লমায় ১৩ গী পরেং ১২ দ্বদা য়াওরিবা " কৌখিবনি " হায়বা বাহে অসি হেনজিনখিবনি )।